৩। ময়েক অইত অমগী পাম্বৈ নত্তনা মশা মথন্তুনা শেংনা হায়দোকপা য়াবা ময়েক পুন্নমক অদুবু স্বর ময়েক হায়না কৌই। স্বর হায়বা অসি ময়েক তরাহুমদোই শুই। মাদুদি:—

অ আ ই ঈ উ ঊ ঋ ৠ ঌ এ ঐ ও ঔ।†

৪। স্বর হায়বা অসি মহৌশানা শরুক অনিথোক্না খাইরি। অতেনবা হায়বা অমা, অমসুং অশাংবা হায়বা অমা। আ, ঈ, ঊ, ৠ, এ, ঐ, ও, ঔ হায়বা ময়েক নিপাল অসিবু অশাংব স্বর অমসুং স্বর ময়েক পুন্নমক অসিবু লাপনা কৌবা, কপ্পা অমসুং ইশৈশকপা মতমদা অরাংবা স্বর হায়না কৌই। অদুগা অ, ই, উ, ঋ, ঌ হায়বা ময়েক মঙা অসিবু অতেনবা স্বর হায়না কৌই।

৫। স্বরগী পাম্বৈ নত্তনা মশা মথন্তুনা হায়দোকপা য়াদবা ময়েক পুন্নমক অদুবু ব্যঞ্জন ময়েক হায়না কৌই ব্যঞ্জন হায়বা অসি ময়েক কুন্থাহুমদোই শুই; মাদুদি:—

| | | | | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|---|---|
| ক্ | খ্ | গ্ | ঘ্ | ঙ্; | চ্ | ছ্ | জ্ | ঝ্ | ঞ; |
| ট্ | ঠ্ | ড্ | ঢ্ | ণ; | ত্ | থ্ | দ্ | ধ্ | ন্; |
| প্ | ফ্ | ব্ | ভ্ | ম্; | য্ | র্ | ল্ | ব্ | শ্; |
| ষ্ | স | হ্। | | | | | | | |

ব্যঞ্জন ময়েক পুন্নমক অসি স্বরগী পাম্বৈ নত্তনদি শেংনা হায়দোকপা য়াদবা মরমনা ম'খোয় পুন্নমক অদু মহৌশানা অকারগা তিন্নদুনা ইনৈ। অকারগা তিন্নদুনা ইবা ব্যঞ্জন ময়েক পুন্নমক্কী মওংদি:— ক, খ, গ, ঘ, ঙ; অসিনচিংবা অসিনি। ড়, ঢ়, য়, ৎ হায়বা ময়েক মরি অসি মথংশিংনা ড়, ঢ়, য়, ত গী মশক ওন্থোকপতনি। মরম অদুনা মাখোয়বু ময়েক অতোপ্পা অমনি হায়না মশীং চন্দ্রে।

† মীতৈলোন্দা: কার হায়বা অসি চৈতপ্পা য়াওনবা উদে হায়দুনা ইদ্রবনি।

৬। ব্যঞ্জন অসি শরুক অহুম থোকনা থাদবা। কাংলুপ অমসুং অশোকপা ময়েক হায়বা অমা, অরক্ক লৈবা ময়েক হায়বা অমা, অমসুং অশাবা ময়েক হায়বা অমা। ক দগী ম ফাওবা ময়েক কুনমঙা অসি হায়দোকপদা লৈতোন, লৈতোনগী লাইনবা, লৈয়াই অমসুং লৈয়েং, মফম মরি অসি শোকই হায়দুনা, মখোয়বু অশোকপা ময়েক হায়না কৌই।

মাখোয়দি মঙা মঙানা কাংলুপ অমমম শাই।

মাহুদি ঃ—ক খ গ ঘ ঙ ; মঙা অসি ক-গী কাংলুপনি
চ ছ জ ঝ ঞ ; মঙা অসি চ-গী কাংলুপনি।
ট ঠ ড ঢ ণ, মঙা অসি ট-গী কাংলুপনি।
ত থ দ ধ ন ; মঙা অসি তগী কাংলুপনি।
প ফ ব ভ ম ; মঙা অসি প-গী কাংলুপনি

ট ।। কাংলুপকী ময়েক মঙা অসি মীতৈলোন্দা ইনদে অমসুং চৎনদে ; অতোপ্পা জাৎ অমগী ময়োল ইবা মতমদা শীজিন্নে।

৭। কাংলুপ খুদিংগী অহানবা, অহুমশুবা অমসু মঙাশুবা ময়েকী হায়দোকলকপা খোন্দি মেংই (থোৎলা) হায়দুনা মাখোয়বু মথরাই শোনবা ময়েক হায়না কৌই, অতৗ অনিশুবা অমসুং মরিশুবা ময়েকী হায়দোকলকপা খোন্দি কল্লি হায়দুনা মাখোইবু মথরাই কনবা ময়েক হায়না কৌই। মাহুদি ঃ—ক, গ, ঙ নচিংবা অাস মথরাই শোনবা ময়েকনি ; খ, ঘ-নচিংবা অসিনা মথরাই কনবা ময়েকনি।

৮। য, র, ল, ৱ ময়েক মরি অসিবু মরক্কা লৈবা ময়েক হায়না কৌই।

৯। শ, ষ, স, হ ময়েক মরি অসিবুনা অশাবা ময়েক হায়না কৌই।

১০। ং বিন্দু অমা, ঃ বিন্দু অনি অসি অমসুং ঁ থা মচেৎ মানবা ময়েক অহুম অসিগী মমিংদি মথংশিংনা অনুস্বার, বিসর্গ অমসুং চন্দ্রবিন্দু হায়না কৌই। ং অনুস্বার অসি ন গা ম-গনা; ঃ বিসর্গ অসি র-গা স-গনা; ঁ চন্দ্রবিন্দু অসি অনুস্বার অমসুং ঙ, ঞ, ণ, ন, ম অসিনা থোকপনি; মশক হোংদোকপা ময়েক্কুনি। মরম অসিনা মাখোয় অহুম অসি মরু ওইবা ময়েক নত্তে।

১১। হায়দোক্লকপা থোঙ্লেল মতুংইন্না ময়েক পুন্নমক্কী মমিং:—অ, আ, হ অমসুং ক-গী কাংলুপ অসি খৌরিদগী হায়দোক্লকপা খোল থোকই হায়তুনা মাখোয়বু খৌরিদগী থোকপা ময়েক হায়না কৌই। ই, ঈ, য, শ অমসুং চ-গী কাংলুপ অসি ভৌদগী হায়দোক্লকপা খোল থোকই হায়তুনা মাখোয়বু ভৌদগী থোকপা ময়েক হায়না কৌই।

ঋ, ৠ, র, ষ অমসুং ট গী কাংলুপ অসি কোক্তুগী হায়দোক্লকপা খোল থোকই হায়তুনা মাখোয়বু কোক্তুগী থোকপা হায়না কৌই।

ঌ, ল, স অমসুং ত-গী কাংলুপ অসি য়াদগী খোল থোকই হায়তুন মাখোয়বু য়াদগী থোকপা ময়েক হায়না কৌই।

উ, ঊ, ব অমসুং প-গী কাংলুপ অসি চিনবান্দগী খোল থোকই হায়তুনা মাখোয়বু চিনবান্দগী থোকপা ময়েক হায়না কৌই।

এ, ঐ ময়েক অনি অসি খৌরি অমসুং ভৌদগী খোল থোকই হায়তুন মাখোয়বু খৌরি অমসুং ভৌদগী থোকপা ময়েক হায়না কৌই।

ও, ঔ ময়েক অনি অসি খৌরি অমসুং চিনবান্দগী হায়দোক্লকপা খোল থোকই হায়তুনা মাখোয়বু খৌরি অমসুং চিনবান্দগী থোকপা ময়েক হায়না কৌই।

ঙ, ঞ, ণ, ন, ম ময়েক মঙা অসি মহাক মহাক্কী মখোল থোককমদগী হায়দোক্লকপা মতমদা নাতোনগী মতেং চংই; মরম অসিনা মাখোয়বু নাতোন্দগী থোকপা ময়েক হায়নসু কৌই।

(ং) অনুস্বার অমসুং (ঁ) চন্দ্রবিন্দু মাখোয় অনি অসিনা তপ্পা ময়েক অদুগী হায়দোকলকপা খোন্দা নাতোনগী মতেং চংই; মরম অসিনা ময়েক, অনি অসিবুসু মাতোন্দগী থোকপা ময়েক কৌই।

স্বর ময়েকী হায়দোক্লকফম অদুমক বিসর্গগী হায়দোক্লকফমনি। মনঃ হায়বা ৱাহে অসিগী মমৈদা লৈরিবা বিসর্গ অসি, অকার হায়বা খৌরিদগী থোকপা ময়েকী মমৈদা তপনরে হায়দুনা, খৌরিদগী হায়দোকলকতুনা খোক্লবনি হায়বসু য়াই। বিসর্গ হায়বা অসি ব্যঞ্জনগী মখাদা থক তপ্তে।

---

## চৈতপ্

ব্যঞ্জন ময়েক অমদা স্বর ময়েক অমদগী হেন্না তপ্পা য়াদে। অ অমসুং ৯ কার অনি অসি নওনা স্বর মতৈ পুম্নমক্কি মশক হোংদোকতুনা ব্যঞ্জন ময়েক্তা তপই। মতৌ অসুম তৌনা মশক হোংদোকপা অসিবু চৈতপ কৌই। অকারনা ব্যঞ্জন ময়েক্তা তপ্লবদি মাগী করিগুম্বা খংননবা খুদম অমা লৈতে, তৌইগুম্বসুং ব্যঞ্জনগী মখাদা চিংলিবা হসন্তগী খুদম অদুদি মাংখি অমসুং মতৌ অসুম তৌরবদি ব্যঞ্জন ময়েক অদু শেংনা হায়দোকপা য়াই।

### ফলা

| | |
|---|---|
| ক্+অ = ক | ক্+ঋ = কৃ |
| ক+আ = কা | ক্+৯ = ক৯ |
| ক্+ই = কি | ক্+এ = কে |
| ক্+ঈ = কী | ক্+ঐ = কৈ |
| ক্+উ = কু | ক্+ও = কো |
| ক্+ঊ = কূ | ক্+ঔ = কৌ |
| ক্+ঋ = কৃ | |

ক-নচিংবা+য-ফলা=ক্য, খ্য, গ্য, চ্য জ্য, ট্য, ঠ্য, ড্য, ঢ্য, ণ্য, ত্য, থ্য, দ্য, ধ্য, ন্য, প্য, ভ্য, ম্য, য্য ল্য, ব্য, শ্য, ষ্য, স্য, হ্য।

ক-নচিংবা+র-ফলা=ক্র, খ্র, গ্র, ঘ্র ড্র, জ্র, ত্র, দ্র, ধ্র, প্র, ফ্র, ব্র, ভ্র, ম্র, শ্র, স্র, হ্র।

ক-নচিংবা+ল-ফলা=ক্ল, গ্ল, প্ল, ম্ল, ল্ল, শ্ল, স্ল। [বানানগী পথাপ লামাই ১৭(৮) য়েংউ]।

ক-নচিংবা+ব-ফলা=ক্ব, জ্ব, ট্ব, ত্ব, দ্ব, ধ্ব, ন্ব, ল্ব, শ্ব, ষ্ব, হ্ব, ক্ষ্ব।

ক-নচিংবা+ন-ফলা=ক্ন, গ্ন, ঘ্ন, ত্ন, ন্ন, ম্ন, স্ন, ণ্ন, ষ্ণ, হ্ন, [বানানগী পথাপ লামাই ১৭ (৮) য়েংউ]।

ক-নচিংবা+ম-ফলা=ক্ম, গ্ম, ঙ্ম, ট্ম, ণ্ম, ত্ম, দ্ম, ধ্ম ন্ম, স্ম, ল্ম, শ্ম, ষ্ম, হ্ম।

ক-নচিংবা+রেফ-ফলা=র্ক, র্খ, র্গ, র্ঘ, র্চ, র্ছ, র্জ, র্ঝ, র্ট, র্ণ, র্ত, র্দ, র্ধ, র্ন, র্প, র্ব, র্ভ, র্ম, র্ল, র্শ, র্ষ, র্স, র্হ।

ক-নচিংবা+ৱ-ফলা=ক্ৱ, খ্ৱ, গ্ৱ। [বানানগী পথাপ লামাই ১৫ য়েংউ]।

---

## ময়েক অনি তিনবা

ক্ক, ঙ্ক, ক্ষ, ঙ্খ, ঙ্গ, ঙ্ঘ, ঙ্গ, জ্ঞ, চ্চ, চ্ছ, চ্ছ্র, ঞ্চ, জ্জ, জ্ঝ, ঞ্ছ, ঞ্জ, ঞ্জ, ট্ট, ড্ড, ণ্ট, ণ্ঠ, ণ্ড, ত্ত, ত্থ, দ্গ, দ্ঘ, দ্দ, দ্ধ, ন্ত, ন্থ, ন্দ, ন্দ্ব, ন্ধ, প্ত, প্প, ম্প, ম্ফ, ম্ব, ম্ভ, ল্ক, ল্প, ল্ল, শ্চ, শ্ছ, ষ্ক, ষ্ট, ষ্ঠ, ষ্প, ষ্ফ, স্ক, স্খ, স্ত, স্থ, স্প, স্ফ।

---

## ময়েক অহুম অমস্থুং মরি তিনবা

ক্ষ্ম, ষ্প, ঙ্ক্ষ, ন্ত্রা, ন্থ্র, ণ্ড্র, ন্তু্র, হ্ব, ন্ত্য, ন্ত্র, ন্থ্ব, স্ত্র, ন্ধ্য, ম্য, স্প্র, ষ্ট্র র্চ্চ, র্স্থ, র্জ্জ, র্দ্দ, র্দ্ধ, র্ম্ম, র্গ্য, র্ব্ব, র্ক, ট্রু, ম্প্র, স্ত্র, র্দ্ধ।

---

## খুদম্ (চিহ্ন)

ইবা মতমদ খুদম কয়ামরুম হাপনৈ; খুদম পুম্নমক অহুগী অর্থ মখাদা ফোংদোকলি।

খুদমগী মমিং :—

, কোমা।

; সেমিকোলন।

। চৈথৈ।

? হংবা খংনবা।

! } অঙকপা অমস্থুং কৌবা,
!! } তেংথাবা অমস্থুং অরাবা খংনবা।

খুদমগী মমিং :—

“ ” কুওটেশন।

—— ড্যাশ।

( ) } চৈথল অমস্থুং
{ } } ব্রেকেট।
[ ] }

+ তিন্নবা খংনবা।

− খাইদোকপা অমস্থুং চথোকখিবা খংনবা। মান্নবা খংনবা।

, কোমা হায়বা আসনা ৱাহৈ পরেংগী মরক্তা লৈরবদা মানা লৈবা মফম অহুদা ঙাইহাক্তুংদা লেপকনি।

; সেমিকোলন হায়বা অসিনা লৈরবদা কোমাদগী ঙাইহাক কুইনা লেপকনি।

। চৈথৈ হায়বা অসিনা লৈববদা ৱাহৈগী পন্দুপ লোইরে হায়না খংনগনি। মাহুদদি পুমলেপ লেপকনি।

ক-নচিংবা+য-ফলা=ক্য, খ্য, গ্য, চ্য জ্য, ট্য, ঠ্য, ড্য, ঢ্য, ণ্য, ত্য, থ্য, দ্য, ধ্য, ন্য, প্য, ভ্য, ম্য, য্য ল্য, ব্য, শ্য, ষ্য, স্য, হ্য।

ক-নচিংবা+র-ফলা=ক্র, খ্র, গ্র, ঘ্র ড্র, জ্র, ত্র, দ্র, ধ্র, প্র, ফ্র, ব্র, ভ্র, ম্র, শ্র, স্র, হ্র।

ক-নচিংবা+ল-ফলা=ক্ল, গ্ল, প্ল, ম্ল, ল্ল, শ্ল, হ্ল। [বানানগী পথাপ লামাই ১৭(৮) য়েংউ]।

ক-নচিংবা+ব-ফলা=ক্ব, জ্ব, ট্ব, ত্ব, দ্ব, ধ্ব, ন্ব, ল্ব, শ্ব, ষ্ব, হ্ব, ক্ষ্ব।

ক-নচিংবা+ন-ফলা=ক্ন, গ্ন, ঘ্ন, ত্ন, ম্ন, শ্ন, স্ন, হ্ন, ষ্ণ, হ্ণ, [বানানগী পথাপ লামাই ১৭(৮) য়েংউ]।

ক-নচিংবা+ম-ফলা=ক্ম, গ্ম, ঙ্ম, ট্ম, ণ্ম, ত্ম, দ্ম, ধ্ম ন্ম, স্ম, ল্ম, শ্ম, ষ্ম, হ্ম।

ক-নচিংবা+রেফ-ফলা=র্ক, র্খ, র্গ, র্ঘ, র্চ, র্ছ, র্জ, র্ঝ, র্ট, র্ণ, র্ত, র্দ, র্ধ, র্ন, র্প, র্ব, র্ভ, র্ম, র্ল, র্শ, র্ষ, র্স, র্হ।

ক-নচিংবা+ঋ-ফলা=কৃ, খৃ, ঘৃ। [বানানগী পথাপ লামাই ১৫ য়েংউ]।

---

## ময়েক অনি তিনবা

ক্ক, ক্ত, ক্ষ, ঙ্ক, ঙ্গ, ঙ্খ, ঙ্গ, ঙ্ঘ, চ্চ, চ্ছ, চ্ছ্র, জ্জ, জ্ঞ, জ্ঝ, ঞ্চ, ঞ্ছ, ঞ্জ, ট্ট, ড্গ, ণ্ট, ণ্ঠ, ণ্ড, ত্ত, ত্থ, দ্গ, দ্ব, দ্দ, দ্ধ, দ্ভ, ন্ত, ন্থ, ন্দ, ন্ধ, প্ত, প্প, ব্দ, ব্ধ, ম্প, ম্ফ, ম্ব, ম্ভ, ল্ক, ল্ম, ল্ল, শ্চ, শ্ছ, ষ্ক, ষ্ট, ষ্ঠ, ষ্প, ষ্ফ, স্ক, স্খ, স্ত, স্থ, স্প, স্ফ।

---

## ময়েক অন্থুম অমস্থুং মরি তিনবা

ক্ষ, ক্ষ্ম, ঙ্ক, ক্র, ন্ত্র, ন্ত্র, প্তু, হ্ব, ন্থ্য, ন্ত্র, হ্ম, স্ত্র, হ্য, ম্য, স্প্র, স্ত্র র্চ, র্ছ, র্জ, র্দ্ধ, দ্ধ, র্ম্ম, র্য্য, র্ব, র্শ, ট্র, ষ্প্র, স্ত্র, দ্ধ।

---

## খুদম্ (চিহ্ন)

ইবা মতমদা খুদম কয়ামরুম হাপনৈ; খুদম পুম্নমক অতুগী অর্থ মখাদা ফোংদোকলি।

খুদমগী মমিং :—

, কোমা।

; সেমিকোলন।

। চৈথৈ।

? হংবা খংনবা।

! } অওকপা অমসুং কৌবা,
!! } তেংথাবা অমসুং অরাবা খংনবা।

খুদমগী মমিং :—

" " কুওটেশন।

—— ড্যাশ।

( ) } চৈথল অমস্থুং
{ } } ব্রেকেট।
[ ] }

\+ তিন্নবা খংনবা।

− থাইদোকপা অমসুং চথোকখিবা খংনবা।
মান্নবা খংনবা।

, কোমা হায়বা অসিনা রাহৈ পরেংগী মরক্তা লৈরবদা মানা লৈবা মফম অদুদা ডাইহাক্তুংদা লেপকনি।

; সেমিকোলন হায়বা অসিনা লৈরবদা কোমাদগী ডাইহাক কুইনা লেপকনি।

। চৈথৈ হায়বা অসিনা লৈরবদা রাহৈগী পন্দুপ লোইরে হায়না খংনগনি। মাতুদদি পুমলেপ লেপকনি।

? খুদম অসি লৈরবদা করিগুম্বা ৱায়ম অমা হংলে হায়না থংনগনি।

! !! খুদম অসিনা লৈরবদা অওকপা, কৌই হায়বা, অমসুং তেংগানৈ হায়বা থংনগনি।

" " কুওটেশন হায়বা অসিদি মী অমনা হায়রকপা ৱা অদু মী অমনা মাতুমক মায়া তমদুনা অতোপ্পা মী অমদা ইবা, হায়রকপা ৱা অদু খুদম তৌদুনা থম্বা মাতুগুম্বা মফমদা হাপনৈ।

— ড্যাশ হায়বা অসি করিগুম্বা ৱাহৈ পরেং অমা অমসুং ৱাহৈ অমা হায়বা হৌরমলগা, লোইদনা তোক্নুনা ৱা লৈরি হায়বা থংনবা মফম অদুদা, ড্যাশ হায়বসি হাপনৈ।

( ) { } [ ] চেথল অদু। অসিদি করিগুম্বা ৱাহৈ পরেং অমগী মনুংদা করিগুম্বা ৱাহৈ মতেক অমা, অমসুং ৱাহৈ পরেং অমা চেথল খন্দুনা থেংচিনবা মাতুগুম্বদা হাপনৈ।

+ খুদম অসিনা লৈরবদা করিগুম্বা মশীং অমদা করিগুম্বা মশীং অমা শিনশিনবা থংনৈ।

- খুদম অসিনা লৈরবদা করিগুম্বা মশীং অমদগী করিগুম্বা মশীং অমা থাইদোকপা থংনৈ।

= খুদম অসিনা লৈরবদা পোৎ অমগা পোৎ অমগা মান্নৈ হায়বা থংনৈ।

---

## হান্নং পরোং

লোল হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? লোল হায়বা অসি মখল কয়া শুবগে? লোল কয়া মরুমগী মমিং হায়য়ু। মৈতৈলোনগী ব্যাকরণ হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? মদু তমলগা করি কান্নবগে?

১। ময়েক হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? খংনবা খুদম অমা উৎতুনা, ময়েক্কি হায়বা খংহল্লু। অমু, থাগোই, চমু অমদুং অতোপ্পা অসি করি কবি ময়েক্কা তিনশিন্দুনা থোকপা য়াইহেনো? অদুগা কদাই কদাইবু ময়েক কৌবগে? মীতৈলোন্দা মরুওইবা ময়েক কয়া লৈবগে?

২। মরু ওইবা ময়েক পুম্নমক অদু শরুক কয়া থোকনা থাইবগে? মমিং করি করি কৌবগে? সংস্কৃত ব্যাকরণদদি ব্যঞ্জন ময়েক অসিবু করি হায়না কৌবগে?

৩। স্বর ময়েক হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? স্বর হায়বা অসি ময়েক কয়া শুবগে? মাখোয়গী মমিং হায়য়ু, ঃ কায়দি হাপ্পবা কয়িনবো?

৪। স্বর হায়বা অসি মরুওইবা শরুক কয়াথোকনা থাইবগে? মমিং করি করি কৌবগে? অতেনবা অমদুং অশাংবা স্বর অসি মশীং কয়া শুবগে? অমদুং মাখোয়গী মমিং হায়য়ু। অমওং অরাংবা স্বর হায়বা অদু করমনা থোকপগে?

৫। ব্যঞ্জন ময়েক হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? ব্যঞ্জন হায়বা অসি ময়েক কয়া শুবগে? মাখোয়গী মমিং হায়য়ু। ব্যঞ্জন ময়েক অসি মহোশাদা মতৌ করমনা ইনবগে? অকারগা তিন্নদুনা ইবা ব্যঞ্জন ময়েক পুম্নমক্কী মওংদি করমনা তৌবগে?

৬। ব্যঞ্জন ময়েক অসি শরুক কয়াথোকনা থাইরিবগে? মাখোইগী মমিং হায়য়ু। অশোকপা ময়েক হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? করি মরমগীদমক মাখোয়বু অশোকপা ময়েক হায়না কৌরিবনো? মাখোয়দি কয়া কয়ানা কাংলুপ অমমম ওইবগে? ঙ চ ক ঙ খ ব এ থ ভ গ ম হ ছ থ ময়েক পুম্নমক অসি করম করম্না কাংলুপকী মথংদা লৈবা, মাও হায়বা

৭। মখবাই শোনবা অমসুং মখবাই কনবা ময়েক হায়বা অহ্ন কদাই কদাইবু কৌবগে ? করি মরমগীদমক মাখোইবু মখবাই শোনবা অমসুং মখবাই কনবা ময়েক কৌবগে ? ঘ চ ঠ ঝ ঝ ঞ ধ ভ থ ন ছ ব ময়েক পুম্নমক অসিগী মনুংদা করম করম্বা ময়েক্তা মখবাই শোনবা অমসুং করম করম্বা ময়েকনা মখবাই কনবনো মাত্র হায়য়ু।

৮। মরক্তা লৈবা ময়েক হায়বা অহ্ন কদাইবু কৌবগে ? করি মরমগীদমক মাখোয়বু মরক্তা লৈবা ময়েক কৌবিবনো ?

৯। অশাবা ময়েক হায়বা অহ্ন কদাই কদাইবু কৌবগে ? করি মরমগীদমক মাখোয়বু অশাবা ময়েক কৌরিবনো ?

১০। অনুস্বার, বিসর্গ অমসুং চন্দ্রবিন্দু হায়বা ময়েক অহ্ন করম তৌবগে ? মাখোয় অহুম অসি মরুওইবা ময়েকলা ? নত্রবদি করম করম্বা ময়েকনা ভিন্নহুনা থোকপা ময়েকনো ? মমিং পুম্নমক অসি নত্তনা ময়েক পুম্নমক্তা করম্বা মমিং অতোপ্পা অমমম থোপ্লিবগে ? থৌরি, ঙৌ, কোক চিম্বাল, থৌরি অমসুং ঙৌ, থৌরি অমসুং চিম্বাল, নাত্তোন হায়বা মকম পুম্নমক অসিদা থোকপা ময়েক করি করিনো ? করি মরমগীদমক মখোয়বু থৌরিদগী থোকপা, ঙৌদগী থোকপা, কোক্তগী থোকপা হায়বগে ?

১১। চৈতপ হায়বা অহ্ন কদাইবু কৌবগে ? অমসুং চৈতপ তপ্পদা করম্বা স্বরগী মশক ওহোকপগে ?

১২। , ; । খুদম অহুম অসিগী মমিং করি কৌবগে ? অমসুং বাহৈ পরেং অমদা খুদম অহুম অসি করিগুম্বা লৈরমলবদা, পাথরকপদা করম তৌবা হৌনবগে ?

১৩। ? ! !! খুদমশিং অসিগী মমিং করি করি কৌবগে ? অমসুং খুদম অহুম অসি লৈরমলবদা করি থংনবগে ?

১৪। " " খুদম অনি অসিগী মমিং করি করি কৌবগে ? অমসুং খুদমশিং অসি করম্বা মফমদা চনবগে ?

১৫। ( ) { } [ ] খুদম অহুম অসিগী মমিং করি করি কৌবগে অমসুং মাখোয়না করি তৌবগে ?

১০। + − = খুদম অহুম অসিগী মমিং করি করি কৌবগে ? করম কয়ম্বা মকমদা চনবগে ?

১১। মথাদা ইরিবা ৱারী অসিগী মহুৎদা কোমা, সেম্বিকোলববচিংবা খুদম পুমনমক মাগী মাগী মকমদা হাপকম চানা হাপউ।

হে অঙাংমচাশা ৱেংউ সংসার অসিদা লুনা তৌগদবা অমসুং লুনা নিংগদবা হায়বদি ইপা ইমা হায়বা অসিতনি ৱেংউ ইপা ইমা হায়বা অসিনা ঐখোয়বু পিশক পিকৈঙদগী ভৌনা কয়া য়ানা অমসুং কয়াত্তা চেৎনা চায়া য়োকলক থাকলকলিবা মতৌ কয়মনা ভোরে হায়রগা ঐখোয়বু সুংঙাইগবা অমসুং কদাইদা করমনা শেনবা.ঙাকপা শোয়খিগবা অমসুং ঐখোয় অৱাবদা ভাখিগত্রা হায়বা অসিতা অহিং সুংখিল নাইদনা মাখোয়গী লাইশোল ওই ঐখোয়বু ইকৈ হৈসম্ লৌশিং চাওথোকসনু অমসুং লাইশক ধর্ম্ম কর্ম্ম খংসনু হায়দুনা পিশক পিকৈঙ দগী হৌদুনা লাইরিক তম্ফমশংদা স্কুলদা চৎহন্দুনা লাইরিক তমহল্লি অদুদা ঐখোয়না মাখোয়না হায়বা মতুংইনা নিংখিনা ময়ম ওকনা লাইরিক লাইশু তমদুনা ইমায়বু হেনবা ঙম্লবদি মাদুদা মাখোয়না সুংঙাইদুনা ঐখোয়বু চাওর হাওরবা পোত্তা অমসুং নিংখি নিংথিজরবা শেৎহন-চাহন্দুনা কয়াত্তা চায়া সুংশিনা থমলিবা।

ঐখোয়না ইকৈ ভানবা ওইয়বসু লম ভানবা ওইরবসু করিগুম্বা হিরম অমগীদমক মীরৈবাক্তা চৎথুবদা ঐখোয়বু ঊত্রিবমথৈ কনাগুম্বা অমগী মথক য়েংদুনা মাখোয়গী অৱা পোথফম অমা লৈতে করিগুম্বা লাইগী নোংদম অমনা ঐখোয়না মীরৈবাক্তা লৈবদা নাদুনা অৱাবা খুদোংখিগা মংলদুনা মাদুগী করিগুম্বা পাও অমা ভাবদা মাদুদা মাখোয়না ৱাখিবা অদুদি পান্দমনিংঙাই লৈখিত্রে ভাইংপাল অসি অমমগী মথক ওইনা ঊখ্রে চাই হাওতে থকই ইংদে ভুমই সুংঙাইতে অহিং সুংখিজ ঐখোয়গী য়াইফনবা পায়দুনা লাইতা নিংদুনা লৈ অদুদগী ঐখোয়গী করিগুম্বা য়াইফবা পাও অমা ভাক্তা অদুদা অমুক সুংঙাইখিবা অদুদি পান্দম লৈখিত্রে মতৌ অহুমভৌনা ইপা ইমা হায়বা অসিনা ঐখোয়গী য়াইফনবতা হায়দুনা নিংদুনা লৈ অসুম ওইবা ইপা ইমা অসিবু লুনা তৌত্রবা লুনা নিংত্রবা মী অদুদি মীনি হায়বা অরেম্বা ওইরে।

ইপা ইমা হায়বা অসিদি খোইদোকনা লুনা তৌগদবা মকমনি ইপা ইমা হায়রা অসিনা পেনথুবদা ঈশ্বরনসু পেল্লি।

## পারটস ওফ স্পীচ [পদ]

ব্যাকরণগী মরমদা ৱাহৈ হায়বা অসি মথল নিপান শুই, মাদুবু পার্টস ওফ স্পীচ (পদ) কৌই। মাদুদি :—নাউন, ভের্ব, প্রোনাউন, এডজেকটিভ, এডভের্ব, পোষ্টপোজিসন, কোঞ্জেংসন, ইণ্টর্জেক্সন, অসিনি।

১। করিগুম্বা পোৎ অমসুং মীগী মমিং অদুবু নাউন (বিশেষ্য) কৌই। মাদুদি :—ৱাম, ছুরি, কলম, হৈনৌ অসিনচিংবা।

২। তৌবা, ওইবা, লৈবা অসিনচিংবা থংহল্লিবা ৱা পুম্নমক অদুবু ভের্ব (ক্রিয়া) কৌই। মাদুদি :—মৈ চাকলি, মুপামচা অমনা উচেক ফারি, হায়বা ৱাহৈ পরেং অনি অসিগী মনুংদা "চাকলি" "ফারি" হায়বা ৱাহৈ অনি অসি ভের্বনি।

৩। করিগুম্বা নাউন অমগী মহুৎ শিন্দুনা হায়নরিবা ৱাহৈ অদুবু প্রোনাউন (সর্ববনাম) কৌই। মাদুদি :—"ৱাম হায়বা অঙাং মচা অদু য়াম্না ফত্তবা অঙাংনি অদুনা রামবু মপাংশিংনা কনানসু য়ানিংদে"। মফম অসিদা "ৱাম হায়বা অঙাং মচা অদু য়ামনা ফত্তবা অঙাংনি মাবু মপাংশিংনা কনানসু য়েংনিংদে"। অসুমতৌবা "ৱাম" হায়বা ৱাহৈ অসিগী মহুত্তা শিল্লিবা "মাবু" হায়বা ৱাহৈ অসি প্রোনাউন্নি

৪। নাউনগী করিগুম্বা মগুণ অমা ফোংদোকইবা ৱাহৈ অদুবু এডজেক্টিভ (বিশেষন) কৌই। মাদুদি :—থম্বাল অঙাংবা; অঙাং ফজবা; মুপামচা অপিশক। মফম অসিদা "অঙাংবা", "ফজবা", "অপিশক" হায়বা ৱাহৈ অহুম অসিনা থম্বাল, অঙাং অমসুং মুপামচা অহুম অসিগী মগুণ ফোংদোকই; মরম অদুনা "অঙাংবা", "ফজবা", "অপিশক" হায়বা ৱাহৈ অহুম অসি এডজেক্টিভনি।

(ক) মীতৈলোন্দদি এডজেকটিভ অসি নাউনগী মখাদা লৈবনা নমই, করি করিগুম্বদস্থ মথক্তা মরৈ। মাদুদি :--ঘাড়ি শাবা মী; রা ভংবা মী; লৌশিংশিংবা অঙাং; অসিনচিংবা

৫ করিগুম্বা রাহৈনা ভের্বকী অমস্থং এডজেক্টিভকী মগুণ ফোংদোক্লিবা অদুব এডভের্ব (বিশেষণগী বিশেষণ, ক্রিয়া বিশেষণ) কৌই মাদুদি :— নুপামচা অসি লাইরিক ফজনা ইরি; উহৈ অসি চংখোন্না মুল্লে; যামনা ফজবা উচেক অমা খোংলি। রাহৈ পরেং অদুম অাসদা "ফজনা", "চংখোন্না" হায়বা রাহৈ অনি অসিনা ইরি, মুল্লে হায়ব ভের্ব অনি অসিগী মগুণ ফোংদোকই অদুগা "যান্ন" হায়বা রাহৈ অসিনা ফজবা হায়বা এডজেকটিভ অসিগী মগুণ ফাংদোকই। মরম অসিনা "ফজনা", "চংখোন্না", "য়ান্না" হায়বা রাহৈ অদুম অসি এডভের্বনি করিগুম্বা এডভের্ব অমনা করিগুম্বা এডভের্ব অমগী মগুণস্থ ফোংদোকই, মাদুদি :—য়াম্না থুনা চৎলি আসদা "থুনা" হায়বা এডভের্ব অসিগী মগুণ "য়ামনা" হায়বা এডভের্ব আসনা ফোংদোকই।

৬। করিগুম্ব রাহৈনা পোজেসিভ কেশগী নাউন অমস্থং প্রোনাউনগী মখাদা লেদুনা মাগা নাউন অমস্থং প্রোনাউন অদুগা মরি লৈ হায়বা ফোংদোকলিবা রাহৈ অদুবু পোস্টপোজিসন (অব্যয়) কৌই মাদুদি :—মহারাজনা ভারতবর্ষ পুম্নমক্কী মথক্তা রায়েল্লি। রাহৈ পরেং অসিদা "মথক্তা" হায়বা রাহৈ অসি পোষ্ট পোজিসননি। "মথক্তা" হায়বা রাহৈ অসিনা ভারতবর্ষগী মরি অদু ফোংদোকই।

৭ রাহৈগা রাহৈগা অমস্থং রাহৈ পরেংগা রাহৈ পরেংগা তাইনহল্লিবা রাহৈ অদুবু কোঞ্জেংসন (অব্যব) কৌই। মাদুদি :— রামগা শ্যামগা মচিন মনাওনি: মুপা অসি লাইরবস্থ মুংঙাই; করি মগক ফজবা অঙাংনি, তৌইগুম্সুং লমচৎত য়াম্না ফত্তে।

হায়রিবা ৱাহৈ পরেং অহুম অসিগী মনুংদা "গা", "মু", "তৌইগুম্বসুং" হায়বা ৱাহৈ অহুম অসি কোঞ্জেংসননি।

৮। পুকনিংদা হেক পান্দুনা হায়দোক্লকপা খোঞ্জেল অহুবু ইন্টর্জেক্সন (অব্যয়) কৌই। মাহুদি ঃ—হীঃ; হেঃ; অহো; ইহে; হায়বা ৱাহৈ অসিনচিংবা অসিনি।

---

## ৱাহং পরেং

১। নাউন, ভের্ব, প্রোনাউন, এডজেকটিভ, এডভের্ব, কোঞ্জেংসন, ইন্টর্জেক্সন হায়বা অদু কদাইবু কৌবগে? মাখোই পুম্নক অতগী মমিং শুপনা করি কৌবগে?

২। নিংথিজনা, ইবা, অঙনব, শ্যাম, অমহিকসুং, অথি ভাথিনা, হেঃ, মথক্তা, মনুংদা, উচেক, শকথীবা, সুংশিবা, জুগোং-খোকনা, খোং, উহৈ, য়ামনা, ইতাং, নমথিবা, ঙৌশিং, পাউগনি, তৌইগুম্বসুং হায়বা ৱাহৈ পুম্নক অসি করম করম্বা পার্টস অফ স্পীচনা হায়বু।

৩। পোষ্ট পোজিসন হায়বা অসি কদাইবু কৌবগে? খুদম উৎতুনা তাকউ। এডভের্ব, কোঞ্জেংসন অমসুং ইন্টর্জেক্সনগী খংনবা খুদম (ৱাহৈ) কন্নামক্কমদং হায়মু।

---

প্রাইমারী স্কুলগী ওঝা ইবুংঙোশিংনা খংদ্রিবা অঙাংমচাশিংদা পার্টস অফ স্পীচগী (নাউন, প্রোনাউন, ভের্বনচিংবগী) হিরম খুদিংগী খুমম অতোপ্পা উৎতুনা তাকপিরবদি খোইদোকনা কারগনি হায়না নিংজে॥

## বনানগী পথাপ

মীতৈলোল ইবগী মরমদা অহ্নম, অয়াং অমস্তুং শ, ন খাইনা ইবা অসি ·হৌজক ফাওবা পথাপ অমতা লেপ্তে। মরম অদুনা লেংখ্রিবা ব্যাকরণ অসিদা বনান চুমনা ইননবগীদমক পথাপ কয়ামরুম হাপলি।

১। স্বরবর্ণগী মনুংদা "অ" হায়বা ময়েক অসি অমস্তুং ব্যঞ্জন ময়েক পুন্নমক্তী মনুংদা লৈবিবা "অ" ময়েক্তি বাঙ্গালাগী ময়েকনি. তৌইগুম্বস্তুং হায়দোক্লকপা খোন্দি মীতৈগী খোনগা মান্নদে, সংস্কৃতগী ব্যঞ্জন ময়েক্তা হায়দোক্লকপা খোনগা মতা মান্নে। মাতুদি :— "অকনবা" হায়বা ৱাহৈ অসি বাঙ্গালাগী হায়দোক্লকপা খোল ওইরবদ "ওকোনবা" অমুম্না হায়গনি; তৌইগুম্বস্তুং সংস্কৃতগী হায়দোক্লকপা খোনগা মাতৈলোনগা মান্নে।

২। বাঙ্গালা ময়েক্তী স্বরবর্ণ "ঐ, ঐকার" হায়বা ময়েক অসি মীতৈনা হায়দোক্লকপা খোন্না "অই, অইকার" অসিগা মান্নে অদুগা বাঙ্গালানা হায়দোক্লকপা খোন্না "ওই, ওইকার" গা মান্নে হায়দোক-লকপা খোল মান্নদ্রবস্থ ময়েক্তি অমতনি।

৩। "তুনা, দুনা" হায়বা ভের্বেল পার্টিসিপলগী খুদম অসি মমাংদৈদগী হৌনা চৎনরকলদুনা মাগী অরানবা চৈতপ উকার অসি ককত্রে। অমস্তুং য়াদবগী মকমদা "তনা, দনা" হায়বা খুদম অসি চুমগনি হায়না নিংদুনা ব্যাকরণদা লেংখ্রে। মাতুদি :—তৌদুনা, তৌদনা; হাপ্তুনা, হাপ্তনা; অসিনচিংবা।

৪। "কী, গী, ভগী, গী" দ তপলিবা দীর্ঘ ঈকার অসি কেশগী খুদমগী মান্নবা হায়দুনা দীর্ঘ ঈকার তপথ্রে। অসি নক্তনা ৱাহৈ অতৈ অতৈদি খোল অরাম্বা অয়া বগী মতুং ইন্না তপকদবা ওই। মাতুদি :—

| অরূম্বা ৱাহৈ। অর্থ। | অয়াংবা ৱাহৈ। অর্থ |
|---|---|
| শীংবা =লাকচগ হাদুনা ভাইবা ; | শংবা =লৌশং পিংবা। |
| শং =মৈ থানবা শীং ; | শিং =শিং পাম্বী। |
| ঈ =হকচাংগী ঈ ; | ই =য়ুম কুপ্পবা ই। |
| মা =তাহবং শী. | ম =তীল মথল অমা। |
| তূবা =ফি তূব ; | তুবা =লেপাক্তা তুবা। |
| মরূ =মাহু মরূ ; | মর =লেমকু। |
| চূম্বা =মরো যাম্ব ; | চুম্বা =খোই বা। |
| অরূবা =অনানব , | অরুবা =থেনবা। |
| লূবা =নানবা ; | লুনা =ইকাইখুম্নবা, চেকশিনবা। |
| অরূম্বা =অহকপ , | অরুম্বা =মরুম লাংবা। |
| অপূম্বা =মচেক নাইদবা ; | অপুম্বা =পৎলবা। |
| শী =চৎহনব ; | শি =মথরাই মাংবা ; অশিনচিংবা। |

৪ক। মীতৈলোন্দা ময়েক চপমান্নবা ৱাহৈদা হায়দোক্লকপা খোনগী অরূম্ব অয়াংবগী মতুং ইন্না অর্থদা থেন্নবা লৈরি। মতুদি ঃ—

| অরূম্বা ৱাহৈ। অর্থ। | অয়াংবা ৱাহৈ। অর্থ। |
|---|---|
| লাকপা =খুদুম্ চনব ; | লাকপা =চৎলকপা। |
| আরেম্ব =লেমতুনা লেব ; | অরেম্বা=যজনা (লেম্না) লৈবা। |
| নানবা =লূই ; | নানবা =নানখিবা |
| তাবা =নাকোংনা তাবা ; | তাবা =মথক্তগী তাব. |
| শানবা =লম থাপনা চৎপা ; | শানবা=মীপোন্দগী মমল পীদুনা ৱাইবা। |
| পায়বা =খুৎনা পায়বা ; | পাইবা=নোংথক্তা পাইবা, ওক্তবা লমচং চৎপা। |

| অরূপ্পা রাহৈ। | অর্থ। | অয়াংবা রাহৈ। | অর্থ। |
|---|---|---|---|
| লাক্ফম | = লান্নবা মফম ; | লাক্ফম | = লান তৌবা মফম। |
| অথেনবা | = লুদবা ; | অথেনবা | = থেন্দুনা লৈবা। |
| তাওবা | = লৈপাক তৌবা : | তাউবা | = ঈশিংদা তাউবা। |
| তাঙবা | = মমল য়াম্না পীবা। | তাংবা | = মীতোন্দা তাংবা। |
| রায়বা | = মীগী মপোৎ রায়বা। | রাইবা | = কন্না থেংবা। |
| হাঙবা | = করিম্ লৈতবা ; | হাংবা | = উপু হাংবা। |
| য়োনবা | = লানবা ; | য়েনবা | = মমল লৌদুনা পীথিবা ; অসিনচিংবা। |

৫। "ওয়া" ইবদা "রা" অসুম্না ইগনি ; মরমদি মাসি থাইনদগী হৌনা চৎনরক্লবনি। ওইবা, উইল, কুইনা অসিনচিংবা ইবদা বোইবা, রিল, কিনা অসিনচিংবা অসুমনা ইবা তৌরোই, মরমদি মাসি থাইনদগী হৌনা চৎনরক্কে ; অদুগুমদুনা খ্বাই, গ্বাই, ক্বাক অসিনচিংবা মহুত্ত খ্বাই, গ্বাই, ক্বাক অসুম্না ইগনি ; মরমদি মাসি মহৌশানা চৎনরক্লে। "রা" হায়বা ময়েক অসিদা অতোপ্পা চৈতপ তপফরোই।

৬ ট, ঠ, ড, ঢ ণ অমসুং য হায়বা ময়েক অসি মীতৈলোন ইন্দা য়াওদে, করিননো হায়ববু কোক্তগী থোকনা হাম্বদোক্লকপা ময়েক লৈতে। তৌইগুম্বসুং মীতৈনা অতোপ্পা জাৎ অমগী মরোল ইরবদি মথোইগী বানান মতুংইন্ন ইগনি।

৭। রাহৈগী মমৈদা পকপা আকার অসি করিগুম্বা খুদঙগা লোয়ননা ইরবদি, আকার অসি মাংখি। মাদুদি :—তৌবা—তৌবগী, চাওবা—চাওবনা, মানা—মানদি, চাবা—চাবনি, মাইবা—মাইবগী, অসিনচিংবা।

৮। নীতৈলোন হায়বা অসি বাঙ্গালা ময়েকনা ইরি, অমসুং বাঙ্গালাগী উচ্চারণ মতুংইন্না ইরবদি, চম্বা মফমদা ( ্ ) হাপ্পা তাই।

তৌইগুম্বসুং মীতৈ মচাবা পাররবদি, হসন্ত হাপ্লবসু অচম্বা মফমদা মরাইনা চমজগনি হায়দুনা হসন্ত পুন্নমক লৌথোক্লে। অদুম ওইনমক লৌশিং লৈত্রবা অঙাংমচা অপীশক্কীদমক খঙনবা হাযদুনা অহানবা অমসুং অ'নিশুবা হায়বা লাইরিক মচা অনি অদুদদি হসন্ত হাপ্লি। হসন্ত হাপ্লুগী মরম অ'সনা মরক্তা অমসুং মমৈদা লৈবা ন, ম, ল, ফলাগী উচ্চারণ অ'সি তিনশিনবা ময়েক্কী উচ্চারণগুম্বা তৌগদবা ওই। মাদুদি:—"চাক্লবা" হায়বা ৱাহৈ অসিদা "ক্ল" গী উচ্চারণ মথক্তা লৈবগী উচ্চারণ তৌরোই (ক্+ল) গী উচ্চারণ তৌগনি, অ'সনচিংবা।

৯। মীতৈলোন্দা "ন" গা "ল" গা ময়েক অনি অ'সি পাংথক অমতা ওইনা চংবৈ মাদুদি:—শগোল, শগোন; মপাল, মপান; অ'সিনচিংবা। কৱল্দা মফমদা "ল" ওইবা হৌনৈ অদুগা কৱম্বা মফমদা "ন" ওইবা হৌনৈ হায়বা মাদুগী পথাপ কবিগুম্বা অমতা লৈতে কনাগুম্বা অমনা "ন" গী মফমদা "ল" ই; কনাগুম্বা অমনা "ল" গী মফমদা "ন" ই। মরম অদুনা "ন" গা "ল" গা ময়েক অ'নি অসিগী চিংনবা মফম অদুদা ময়েক অসিবা ওইগনি হায়বা মাদুগী পথাপ মথাদা ইরকলি। মাদুদি:—

(ক) "ন" না "ল" গা চিংনবা ময়েক অনি অ'সনা চিংনবা মফম ওইবা ৱাহৈ অদুনা ৱাহৈগী খুদম (শব্দ), বিভক্তি য়াওদবা নাউন ওইররবদি, "ল" ওইগনি। মাদুদি:—ফাল, লল, যল অ'সিনচিংবা

(খ) খুদম য়াওবা নাউন অমসুং ভের্ব ওইবা ৱাহৈ অদুদি "ন" সু ওইবা "ল" সু ওইবা য়াই। অদুম ওইনমক "ন" না হেন্না ওই। মাদুদি:—

| খুদম য়াওদবা। | খুদম য়াওবা। |
| --- | --- |
| শগোল | শগোল্লা, শগোন্দা। |
| ফাল | ফান্দা, ফান্না, ফানবু। |

| খুদম য়াওদবা। | খুদম য়াওবা |
| --- | --- |
| লল | লম্না, লনবু, লন্দা, লনগী। |
| ষল | ষণনা, ষণবু, ষণগী। |
| পালবা | পাল্লে, পানগনি, পাল্লোই ; অসিনচিংবা। |

---

লোইরবা

# জনগণমন অধিনায়ক

জনগণমন অধিনায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
পঞ্জাব সিন্ধু গুজরাট মরাঠা দ্রাবিড় উৎকল বঙ্গ
বিন্ধ্য হিমাচল যমুনা গঙ্গা উচ্ছল জলধিতরঙ্গ
তব শুভ নামে জাগে, তব শুভ আশিস মাগে,
গাহে তব জয় গাঁথা।

জনগণমঙ্গলদায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥
অহরহ তব আহ্বান প্রচারিত, শুনি' তব উদার বাণী
হিন্দু বৌদ্ধ শিখ জৈন পারসিক মুসলমান খৃস্টানী
পূরব, পশ্চিম আসে, তব সিংহাসন পাশে,
প্রেমহার হয় গাঁথা।

জনগণ-ঐক্যবিধায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥
পতন-অভ্যুদয়-বন্ধুর পন্থা, যুগযুগ ধাবিত যাত্রী—
হে চিরসারথি, তব রথচক্রে মুখরিত পথ দিনরাত্রি।
দারুণ বিপ্লব-মাঝে তব শঙ্খধ্বনি বাজে
সংকটদুঃখত্রাতা।

জনগণপথপরিচায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে॥
ঘোর তিমিরঘন নিবিড় নিশীথে পীড়িত মূর্ছিত দেশে
জাগ্রত ছিল তব অবচল মঙ্গল নতনয়নে অনিমেষে।
দুঃস্বপ্নে আতঙ্কে রক্ষা করিলে অঙ্কে
স্নেহময়ী তুমি মাতা।

জনগণদুঃখত্রায়ক জয় হে ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে ॥
রাত্রি প্রভাতিল, উদিল রবিচ্ছবি পূর্ব উদয়গিরিভালে—
গাহে বিহঙ্গম পুণ্য সমীরণ নব-জীবনরস ঢালে ॥
তব করুণারুণরাগে নিদ্রিত ভারত জাগে
তব চরণে নত মাথা।

জয় জয় জয় হে, জয় রাজেশ্বর ভারতভাগ্যবিধাতা।
জয় হে, জয় হে, জয় হে, জয় জয় জয়, জয় হে ॥

---

G.P.M.—C. 12,000/17-5-63